# ভুমিকা

"শিক্ষা" কৌবা বেদাঙ্গগী শরুক খরা,—বেদ পানবা উদাত্তনাচিংবা হৌনবীগা লোইননা প্রবন্ধ মচা অমতং ফোংলি। মাসি নৌনা ইজবা নত্তে, লান মমাংদা সারস্বত ব্যাকরণ অন্নুবাদ ব্যাখ্যাগা লোইননা ফোংখিবা অতুদগী লৌথোকপা শরুকনি। সারস্বতী ব্যাকরণ অতুদি লানদা মৈ থাংদোকপীখিত্নুনা ফংহৌদরে, স্নুপ্নগী কাপি ৪০ (নিফু) রোমদং ফংহৌই; মাতুস্নু ঐগীদি লৈতরে। 'মাতুদগী লৌতুনা মচেৎ মচা অসি বেদ-পাঠকনা-চিংবগী মুঙাইনবা ফোংজবনি। পাঠকসীংনা অসোই-অঙাম য়াওবা পুন্না শেংদোকপীনবা পীকগুবা প্রবন্ধ মচা অমা ওইনা ফোংজরি। ইতি—

বিনীত—

শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা

# উৎসর্গ।

লাইরিক মচা পিশক অসি, মাবু লাইরিক অমনি হাঙ্গৈনা শিংথাবদা মতিক চাদ্রবস্থু বেদগী অঙ্গ অমনি, মহাকপু বর্ষিয়সী মণিপূরীভাযাগী ইবা, পাবদা য়াম্না খুদোংচাগবরা নিংছনা পাঠকসীংনা পাবিনবগী দমক ফোংজরি। ঐগী খংদবদগী থোকপা অরান-অছই পুম্বা নিজগুণনা ঙাকপিয়্ হাঙ্গৈনা নিজরি। মরমদি বেদ, মিতৈরোনগী অনুবাদ তৌরি— মাছ পাবদা মুঙাইনবানি— বেদবু ঐখোইগুম্বা কৈস্নলৈতবনা ঈরোনদা খরদং ইথোকপসি থিকনেম্বনা থা ফাগে তৌবগুম নোক্লাগনি, ঈস্তাতিপুম্বদা ঙক্তা ফি এস্তুনা তুজরি, ঐখোইগী তৌঙমদবা লৈতবা সাহসিকতা অসি ঙাকপিয়্ হাঙ্গৈনা খুরুমজরি।

বিনীত—

শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা

১৭ আগষ্ট, ১৯৬০ ইং।

প্রসঙ্গদগী মতাং অসিদা শিক্ষা কৌবা বেদাঙ্গগী সম্মত ওইবা বর্ণসীংগী উচ্চারণ হাঙ্গৈরি।

প্রশ্ন—বর্ণ নত্রগা অক্ষর হাঙ্গৈবসি করি কন্নিবু কৌবগে?

উত্তর—মহাভাষ্যনা হাঙ্গৈ,—"অক্ষরং নক্ষরং বিদ্যাদশ্নোতের্বা সরোঽক্ষরম্।
বর্ণং বাহুঃ পূর্ব্বসূত্রে কিমর্থমুপদিশ্যতে॥"

অক্ষরম্ (অক্ষরবু) ন ক্ষরম্ (অমাংবা লৈতবা অসুম্বা অর্থবু) বিদ্যাৎ (খংনগনি) অশ্নোতেঃ বা (অশ্ ধাতুদগী) সরঃ (ঔনাদিক সরস্ প্রত্যয় তৌরগসু) অক্ষরম্ (অক্ষর হাঙ্গৈবা পদ অসি থোকই, মাদুগী অর্থনা মফম পুন্নমক্তা সিনথুংনা লৈবা হাঙ্গৈ) বর্ণম্ বা (অক্ষরবু বর্ণ হাঙ্গৈনসু) আহুঃ—(হাঙ্গৈ) ভাবার্থ— মাংদবা মফম খুদিংদা সিনথুংনা লৈ হাঙ্গৈহনা অক্ষর অমসু বর্ণ কৌই।

প্রশ্ন—অক্ষরবু করিগী দমক তাকপগে? পূর্ব্বসূত্রে (মথক্কী সূত্রদা) কিমর্থম্ (করিগী দমক) উপদিশ্যতে (তাকপগে?) অর্থাৎ—গুরুনা শিষ্যদা অক্ষর তম্বিবা করি কান্নবগে? ব্যাকরণকারনা করিগী দমক ব্যাকরণদা অক্ষর তাকপগে?

উত্তর—মহাভাষ্যনা হাঙ্গৈ,—বর্ণজ্ঞানং বাগ্বিষয়ো যত্র চ ব্রহ্ম বর্ত্ততে।
তদর্থমিষ্টবুদ্ধ্যর্থং লঘ্বর্থং চোপদিশ্যতে॥

সোঽয়মক্ষরসমাম্নায়ঃ বাক্‌সমাম্নায়ঃ পুষ্পিতঃ ফলিতশ্চন্দ্রতারকাবৎ প্রতিমণ্ডিতো বেদিতব্যঃ ব্রহ্মরাশিঃ, স সর্ব্ববেদপুণ্যফলাবাপ্তিশ্চাস্য জ্ঞানে ভবতি মাতা পিতরৌ চাস্য স্বর্গে লোকে মহীয়েতে!

বর্ণজ্ঞানম্ (বর্ণ খংবা) বাগ্বিষয়ঃ (বাক্‌কী বিষয়নি) অর্থাৎ অক্ষর ময়াম খংলগা * অক্ষর ময়াম্না তিন্দুনা ওইবা বাক্য অমসু বাক্য ময়াম অহুগী—বিষয়—অর্থসীং অহু খংভি, হাঙ্গৈবদি— বাক্যগী বিষয় ওইবা শাস্ত্র খংই।

---

* অক্ষর খংবা হাঙ্গৈবসি চেনাচিংবদা ইরিবা অইবা অহুবু নত্তে, ব্রাঙাংবদা বর্ণ অহুবু তাব, খংবা হাঙ্গৈবনি। মাসি তাবা হাঙ্গৈবসি জ্ঞানগী—চাউখংলকপা অচৌবা অমনি। মাসিগী মরমদা ঋগ্বেদভাষ্য ভূমিকাদা সায়ণনা সন্দোকনা ব্যাখ্যা তৌই।

যত্র চ ( বাক্য অদুদা—পদদা ) ব্রহ্ম বর্ততে ( বেদনা লৈ ) তদর্থং ( শাস্ত্র—খংনবগী দমক ) ইষ্টবুদ্ধ্যর্থং ( অপান্বা পদ পদার্থ খংনবগী দমক ) লঘ্বর্থং—( খজিক্তনা খংনবগী দমক ) উপদিশ্যন্তে ( বর্ণ ময়ামবু উপদেশ তৌই ) সঃ অয়ম্ ( মথক্তা তাকখরবা, ব্যাখ্যা তৌখরবা ) অক্ষর সমাম্নায়ঃ ( অক্ষর—ময়াম ) বাক্ সমাম্নায়ঃ ( বাক্য ময়াম অসি ) শাস্ত্রনা ফাদুনা তাক্লগা পুষ্পিতঃ ( লৈ গুমনা হাঙ্গৈবদি ফজনা শাৎপা অফবা লৈনা জীব পুম্নমকপু মনম হুংশি-হন্দুনা নিংথিজবাগুম্না হিংলিডৈদা ইহলোকতা মী অদুনা মিং চৎপগা—লোইননা নিংথিজে ) ফলিতঃ ( মহৈ য়াল্লি অর্থাৎ— লৈনা মনম্ মপাল অদু কেনখরগা মাগী পরিণামদা মহৈ—ফল ওইদুনা জীবসীংবু হিংহল্লি, হাউহল্লি, মাদুগুম্না ব্যাকরণনাচিংবনা অক্ষরবু খংহন্দুনা পদ পদার্থজ্ঞান ওইরগা শব্দগী পদদা নিংথিজবা অদুগী মসুংদা ওইরিবা চরমলক্ষ্য ওইবা তত্ত্বজ্ঞান ওইরগা নরলোকতসু মকত্রবা ব্রহ্মানন্দ উপভোগ তৌই ) চন্দ্রতারকবৎ প্রতিমণ্ডিতঃ ( চন্দ্র তারকাগুম্না নিংথি অর্থাৎ চন্দ্র তারকা ( থা, থরাম্মচাক্লা ) অনাদি-কালদগী হৌদুনা কল্প কল্প খুদিংদা পোকই, মাদুগুম্না ব্রা ভাংবা পদ পদার্থ পুম্নমকসু অনাদিকালদগী হৌনা কল্প খুদিংদা ওইরক্লিবনি, ওইরিবনি ) বেদি-তব্যঃ ব্রহ্মরাশিঃ ( বেদগী মপৈ অসিবু খংগদবা ওই—বেদ পুম্নমক বর্ণ ময়াম অদুদা য়ুনা লৈ, অদুনা বেদ পুম্নমক খংবগা চপ মান্নৈ। অদুনা বেদ খংন-নবা বর্ণ সমূহবু খংগদবনি—তমগদবনি। অস্য ( বর্ণ সমূহগী ) জ্ঞানে ( খংল-বদা ) সর্ব্ববেদপুণ্যবাপ্তিঃচ ভবতি ( বেদ পুম্নমককী পুণ্যফল ফংবসু ওই ) অস্য ( মাদু খংলবা মীগী ) পিতরৌ ( মমা মপাবু ) স্বর্গে লোকে ( স্বর্গ লোকতা ) মহীয়েতে ( পূজা তৌই—বর্ণসমূহবু চুম্না চথোম্না শাস্ত্রনা থোং ওইদুনা খংলবা মী অদুনা বেদগী পুণ্যফল ফংলগা মমা মপাবুসু স্বর্গলোকতা লাইসীংনা পূজা তৌই।

মথক্তা হাঙ্গৈখিবাসীং অসিগী ভাবতি—অক্ষর নত্রগা বর্ণ হাঙ্গৈবসি—মকম পুম্নমক্তা লৈ অমসু মহাক্তি অমাংবা লৈতে, অসুম্না তাকখরে। মাথোই অদুবু চথোননা হাঙ্গৈবা ভস্বা অমসু খংবা ভস্বা হাঙ্গৈবসিদি ইহলোক পরলোক অনিমক্তা নিংথিবা, অফবা, পুণ্য ফংই। সুপনগী মী মহাক্তা নত্তনা মহাকী মমা মপাবু ফাউবা স্বর্গলোকতা লাইসীংনা পুজা তৌই। হাঙ্গৈরিবা অসি

থোক্লনবা ব্যাকরণনাচিংবা শাস্ত্রবু গুরুগী মুখদগী তাহনা তমগনি অসুমনা থংহনখরে।

অতুগা ন্যায়শাস্ত্রনাচিংবনদি শব্দ হাঈবসি অনিত্যনি অর্থাৎ য়াম্না থুনা মাংখিবনি. মাবু উচ্চারণ তৌরগা অহানবা ক্ষণদা লৈরমলগা অনিশুবা ক্ষণদা হেক্তা মাংখি, অদুনা "আশুতর বিনাশী" নি, অসুমনা হাঈ। মত অসি— ব্যাকরণনাচিংবা শাস্ত্রনা য়াদে। মাদুদি শব্দ হাঈবসি আকাশ, বায়ু, অগ্নি, জল অমসু পৃথিবী হাঈবা ভূত মত্তামক্তা * শব্দনা সিনথুংনা লৈ, অদুনা মহাকপু অক্ষর কৌই। মহাকপু উচ্চারণ তৌরগা ভাঈ, মাদুম্না তারম্বা শব্দ অদু ঐখোইনা তাখিদ্রগা মাংখরে, হাঈ। মাদুম্না মাংখিবা অদু মাংবা নত্তে, মাগী মফমদা চংখিবতনি। অদুনা শব্দগী থোরকপা চংখিবা নাইবা শব্দগী অভিব্যক্তি অনভিব্যক্তিবু শব্দতত্ত্বখংদবসীংনা শব্দ থোরক্লে, মাংখরে হাঈবতনি শব্দদি মাংদবা নিত্যনি অসুম্না ব্যাকরণনাচিংবনা হাঈ। মাসি বেদ অমসু বেদগী সম্মত ওইবা শাস্ত্রসীংগী মতনি।

বর্ণ হাঈদ্রগা অক্ষর হাঈবসিগী থোরকপা মথোকতি শিক্ষানা হাঈ,—

আত্মাবুদ্ধ্যা সমেত্যার্থান্ মনো যুঙ্‌ক্তে বিবক্ষয়া।
মনঃ কায়াগ্নিমাহন্তি স প্রেরয়তি মারুতম্।
মারুতস্তুরসি চরন্ মন্দং জনয়তি স্বরম্।

আত্মা ( জীবাত্মানা ) বুদ্ধ্যাসমেতার্থান্ ( বুদ্ধিগা তিন্নরবা বিষয় খিবিকপু ) বিবক্ষয়া ( হাঈনিংদুনা ) মনঃ ( পুক্নিংবু ) যুঙ্‌ক্তে ( ফংই—তিন্নৈ ) মনঃ— ( পুকনিংনা ) কায়াগ্নিম্ ( হকচাংগী মৈবু ‡ ) আহন্তি (য়ৈ) সঃ ( হকচাংগী মৈ অদুনা ) মারুতম্ ( প্রাণবায়ুবু ) প্রেরয়তি ( ইনলি ) মারুতঃ ( প্রাণবায়ুনা ) উরসি ( থবাক্লোমদা ) চরন্ ( চৎতুনা ) মন্দম্ স্বরম্ ( অতপ্পা স্বরবু ) জনয়তি ( পোকহনলি )। অসুম্না যোগশাস্ত্রনসু হাঈ. মাদুদি,—

---

* পৃথিবী, অগ্নি, জল, বায়ু মরি অসিগী লেং ওৎপা ক্রিয়াদগী থোকপা অহাংবা মফমদা থোকপা দ্রব্যদা লৈবা গুণবু শব্দ কৌই। অদুনা শব্দনা পৃথিবীনাচিংবা ভূত মরিনা থোকহনবা আকাশদা লৈব-নগা অন্বয় ব্যতিরেক্লা মরম ওইদুনা পঞ্চভূতকী গুণ ওই, অসুম্না থংনগনি।

‡ কায়াগ্নি হাঈবসি নবীন-পণ্ডিতসীংনা হকচাংদা শিংলী মচা ২না মথক মখাদা পুবা বিদ্যুৎ-প্রবাহ অসুম্না ব্যাখ্যা তৌনরে।

মূলাধারাৎ প্রথমমুদিতো যস্তুতারঃ পরাখ্যঃ।
পশ্চাৎ পশন্ত্যথ হৃদয়গো বুদ্ধি যুঙ্ মধ্যমাখ্যঃ॥
বক্ত্রে বৈখর্য্যথ রুরুদিষোরস্য জন্তোঃ সুষুম্না
বদ্ধস্তস্মাৎ ভবতি পবনপ্রেরিতো বর্ণসজ্ঘঃ॥

জীবগী খোইগী মখাদা মূলাধার কৌবা মফমদা তার=প্রণব অর্থাৎ ওম্ না লৈ, মহাক্না সুষুম্না কৌবা মড়ীদা মথং মথং থোরক্লগা বর্ণগী ওইবা খোঙ্গেননা থোরকই; মাতুদি,—সেতারগী মরিবু কাপলগা মরিগী নিক্লবদগী কাখৎলকইবা শব্দনা সেতারগী থাঁট খুদিংদা ফারু ২ বা মফমগী মতুং ইন্না স্বরগী মখোল হোংবগুম্না সুষুম্নাদা থোরক্লিবা শব্দব্রহ্ম অদুদি যোগীতনা খংবা ঙমই, চুম্নগী মীচম্নদি খংবা ঙমদে লৌগুম্বসু অঙাংমচানা কপকে হাঙ্গৈদুনা তৌরকপদা সুষুম্না শিংলিদা শব্দনা থোরকপগী খুদমতু করিগুম্বা মতমদা মুম্না এংদুনা সাধনা তৌরিবাসীংনা উবা ফংই, অদুনা হাঙ্গৈখ্রবা যোগশাস্ত্রগী পদ্য অসি কৌস্তুভকারনা লৌখৎলি, পদার্থদি—

তারঃ ( প্রণব=ওম্কারনা ) প্রথমম্ ( অহানবদা ) উদিতঃ (থোকপা—আত্মানা বুদ্ধি মাসি অফবনি, ফত্তবনি হাঙ্গৈবনাচিংবা লেপলবা বিষয় অদু হাঙ্গৈদোক্লগে নিংদুনা মনগা তিন্নবা, মন অদুনা হকচাংগী মৈদা য়ৈবা, মৈ অদুনা মুংশিংতা ঈনললকপদা ইহান হানবা থোকপা শব্দ অদু ) সঃ ( মাদু ) পরাখ্যঃ ( পরা কৌই ) পশ্চাৎ ( অদুগী তুংদা ) হৃদয়গঃ ( থমোইগী মফম য়ৌবদা ) পশ্যন্তী ( পশ্যন্তী কৌই ) বুদ্ধিযুগ্ ( বুদ্ধিগা তিন্নরগা ) মধ্যমাখ্যঃ ( মধ্যমা * কৌই ) বক্ত্রে ( মুখ—চিন য়ৌরগা ) বৈখরী ( বৈখরী কৌই ) রুরুদিষোঃ ( কপনিংলবা—উদাহরণগীদমক ঙাংবা থোক্তরিবা কপ্পাদি হৈরিবা অঙাংতদা হাঙ্গৈরুবনি ) অস্য জন্তোঃ ( অসিগুম্বা জীবগী ) সুষুম্না ( সুষুম্না শিংলিনা ) বদ্ধঃ ( ফারবা ) পবনপ্রেরিতঃ ( প্রাণবায়ুনা ইস্থোক্লরুবা ) বর্ণসজ্ঘঃ ( বর্ণগী মপৈনা ওই )।

শব্দধারা—খোঙ্গেল হাঙ্গৈবসি মুংশিংনা পুদুনা মফম অমদগী মফম অমা

---

* মসি ফাউবদি কুপমন্দুনা যোগী নত্তবনা খংবঙমদে, মধ্যমা অসিদি নাকোং মেল্লগা ঐখোইস্থু করিগুম্বদা য়াম্না কুপনা তাই।

তাম্না চৎলি, অতুনা মুংসিৎ লৈতবা মফমদদি খোঞ্জেল অহু তাবা ফংদে, মাহু হৌজিক্কী কালদা প্রমাণ তৌহুনা ফংলে, করিগুম্বা মফম অমদা মুংশিৎ শেংনা লোথোক্লগা চৎলিবা ঘড়ী অমা থম্লগা এংবদা ঘড়ী অহুগী চৎপগী খোঞ্জেন টেক্ ২ হাঙ্গৈবা অহু তাদে, মুংসিৎ হাঞ্জল্লগদি মখোনহু হেক্তা তাই। অহুনা "পবনপ্রেরিতঃ" হাঙ্গৈবা পদ অসি প্রমাণিত ওই।

শব্দবিজ্ঞান বাদীসিংনা হাঙ্গৈ—শব্দ হাঙ্গৈবসি থোক্লিবা মফম অহুদগী কদম্ব কুসুমগুম্না, অমসুং ঈশিংগী ইথক হৌবগুম্না মাইকৈ পুম্নমক্তা মথং ২ চৎখি. মাহুম্না লাকপা শব্দনা কন্দুনা ঐখোইগী নাকোংদা ফুরগা ঐখোইনা তাই। মাহুদি—ঐখোইগী নাকোং মন্থুংদা কর্ণপটহদা কুপখ্র ২ বা মড়ী কয়ামুক লৈ, মড়ীসীং অহুদা লাক্লিবা শব্দ অহুনা ফুরগা মড়ীসীং অহুনা নিকপদা লাকইবা শব্দ অহুগী মখোল অহু হৌই, মাহু ঐখোইনা তাই, মাহুদি—স্বর চপমান্নবা সেতার অনি থম্লগা অমদা মরি কাপ্লগা কাপ্তবা সেতার অমগী মরিসু স্বর অহু মথন্তা হৌজৈ, মাডুগুম্না লাক্লিবা শব্দ অহুগী স্বরগা মান্নবা কর্ণপটহগী মরি অহুদা থেংনরগা হৌবা খোঞ্জেল অহু ঐখোইনা তাই। লাক্লিবা শব্দ অহুগী অচাবা স্বর পানবা মরি অহু নাকোংদা লৈরমত্রবদি শব্দ অহু তারোই, অহুনা কর্ণপটহদা লৈবা মরি তৎখ্রবাসীংবু মনা পঙ্বা কৌনৈ, অমসু মরি অহু পাল্লবসু মনগা তিন্ন-দ্রবদি খোঞ্জেল অহু থোকন ২ মীওইবনা খংবা ঙমদে. মরম অসিনা সঙ্গীত শাস্ত্র তমদবা মীনা ঈশৈগী শ্রুতি মূর্চ্ছনানা চিংবহু তাবা ফংদে ঈশৈগী অরু ২ বা স্বর অহু চহি ১২ হেন্না স্বরসাধনা তৌরবা মীতনা তাবা ফংই অসুম্না বিজ্ঞাননা হাঙ্গৈ। মাহু ঐখোইনসু য়াফম থোকই. মরমদি—শিক্ষা শাস্ত্রনা শব্দ থোরকপগী মথং মনাও "আত্মা···" হাঙ্গৈবনাচিংবা হাঙ্গৈখিবা অহু শব্দ অহু ঐখোইনা নাকোংনা তাবা মতমদসু মাহু ইকাই কাইদনা তৌই, মাহুদি—শব্দনা নাকোংদা ফুরুরবা মতমদা নাকোংদা লৈবা কর্ণপটহগী মড়ীনা মস্তিষ্কদা লৈবা ইন্দ্রিয়শিংগী কেন্দ্রদা য়ৈরুই, মাহুদা পুকনিং (মনঃ) কৌবা পোৎকা শোরুরগা পুক্লিংনা বুদ্ধিদা আত্মাগা মরি ওইনরগা শব্দ অহু খংবা ঙমই। নাকোংগী কর্ণপটহদা লৈবা মড়ী অহুনা ফনমক মস্তিষ্কদা য়ৈরুহুনসু মতম অহুদা মননা অতোপ্পা ইন্দ্রিয় অমদা লৈখিবা মতম ওইরবদি

খোঙ্গেল অহু তাহৌদে, অহুনা মমাংদা থোকখিবা খোঙ্গেনবু তাহৌব্রগা হাঙ্গৈনরি, মাহুদি পুক্লিং চংদহুনা তাহৌদ্রে।

শিক্ষানা অক্ষর হাঙ্গৈবসি ৬৪নিসু হাঙ্গৈ, ৬৩নিসু হাঙ্গৈ মাসি মত অনি থোকই।

ত্রিষষ্টিশ্চতুঃষষ্টির্বা বর্ণাঃ সম্ভবতো মতাঃ।
স্বরা বিংশতিরেকশ্চ স্পর্শানাং পঞ্চবিংশতিঃ।
যাদয়শ্চ স্মৃতা হ্যষ্টো চত্বারশ্চ যমাঃ স্মৃতাঃ।
অনুস্বারো বিসর্গশ্চ ≍ ক ≍ পৌ চাপি পরাশ্রিতৌ।
দুঃস্পৃষ্টশ্চেতি বিজ্ঞেয়ো ৯ কারঃ প্লুত এব বা॥

অ, আ, অ ৩, ই, ঈ, ই ৩, উ, ঊ, উ ৩, ঋ, ৠ, ঋ ৩, ৯, এ, এ ৩, ঐ, ঐ ৩, ও, ও ৩, ঔ, ঔ ৩ মাখোই ২১ অসি স্বর কৌই। ক, খ, গ, ঘ, ঙ, চ, ছ, জ, ঝ, ঞ, ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, ত, থ, দ, ধ, ন, প, ফ, ব, ভ, ম, ২৫ অসি স্পর্শ বর্ণ কৌই। য, র, ল, ব, শ, ষ, স, হ, নিপাল অসিনে * ক্ষ, ˘, ˘, ৳ যম মরিনে, ং, ঃ, ✕ ঢ়, অযোগবাহ মরি অসিনে পুলপ অসি ৬৩ নি, অমসু ৯বর্ণবু ৯৩ (প্লুত) থারগা ৬৪ নি মাখোই অসিবু বর্ণ অক্ষর কৌই।

[অরোইবগী দুঃস্পৃষ্টশ্চেতি (ইষৎস্পৃষ্টনি অসুম্না) ৯কারঃ (৯কারবু) বিজ্ঞেয়ঃ (খংনগনি অর্থাৎ ৯ বু স্বরনি অসুম্না খংনগনি) প্লুতঃ এব বা (৯কারবু প্লুতলৈ হাঙ্গৈনসু মত অমদা খংনগনি) অসুম্না পদার্থ খংনগনি]।

অক্ষরসীং অসিগী স্থানসু শিক্ষানা হাঙ্গৈ ঃ—

হকারং পঞ্চমৈর্যু্ক্তমন্তঃস্থাভিশ্চ সংযুতং। ঔরস্যং তং বিজানীয়াৎ

* যম মরি হাঙ্গৈবসি প্রাতিশাখ্যদা লৈবা ময়েকনি, মাহুদি —বর্গবর্ণগী অহানবা বর্ণ ৪গী মথংদা মঙাসুবা বর্ণ লৈরগা মথকথংবা বর্ণগা মানববু প্রাতিশাখ্যদা যম বর্ণ কৌই, মাহুদি "পলিক ক্লী˘, চখ্খ˘তু; অগ্গ্নি˘, অভিঘ গ্নি˘, অসিনাচচিংবদা ক্, খ্, গ্, ঘ্ অহু যমনি মাসুম্না অতৈদা খংনগনি, মাখোই মরি অসিগা ং, ঃ, ঢ় মরি অসিগা ৮ বু অযোগবাহসু কৌই। মাহুগী অর্থদি মহাভাষ্যনা হাঙ্গৈ—পাণিনিনাচিংবনা উপদেশ তৌবদা য়াওদ্রবসু খংনৈ হাঙ্গৈহুনা মমিং অসি কৌই।

কণ্ঠ্যমাহুরসংযুতম্। কণ্ঠ্যাবহাবিচুযশাস্তালব্যা ওষ্ঠজাবুপু। স্যর্মূর্দ্ধণ্যা ঋটুরসা দন্ত্যা ৯তুলসাঃ স্মৃতাঃ। জিহ্বামূলে তু কুঃ প্রোক্তঃ দন্ত্যোষ্ঠ্যোবঃ স্মৃতো বুধৈঃ। এঐ তু কণ্ঠতালব্যা বোঔ কণ্ঠোষ্ঠৌ স্মৃতৌ। অর্দ্ধমাত্রা তু কণ্ঠ্যা স্যাদেৈকারয়োর্ভবেৎ। ওকারৌকারয়োস্তাবদিতি। অনুস্বার যমানাঞ্চ নাসিকা স্থানমুচ্যতে। অয়োগবাহা বিজ্ঞেয়া আশ্রয়স্থানভাগিনঃ॥

অর্থাৎ হ্ঙ, হ্ঞ, হু, হ্ম, হ্য, হ্র, হ্ল, হ্ব, মাখোই অসিগী মফমদি উরস্ (থবক্না ওই) অ, হ, গী কণ্ঠ (খৌরি) ই, ঈ, ই ৩ চ, ছ, জ, ঝ, ঞ, য, শ, গী তালু (ভৌ) উ, ঊ, উ ৩, প, ফ, ব. ভ, ম গী ওষ্ঠ (চিনবান) ঋ, ৠ, ঋ ৩, ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, র, ষ গী মূর্দ্ধা (কোক), ৯. ৯ ৩, ত, থ, দ, ধ, ন, ল, স গী দন্ত (য়া হৌফম য়ারি) ক, খ, গ, ঘ, ঙ গী জিহ্বামূল (লৈরেং) ব গী দন্ত্য ওষ্ঠ (য়াখোংগা চিনবানগা), এ, ঐ গী কণ্ঠতালব্য (খৌরিগা ভৌগা) ও, ঔ গী কণ্ঠ ওষ্ঠ (খৌরিগা চিনবানগা) একার অমসু ওকার অনিগীদি তখাই অমনা কণ্ঠ (খৌরিনা স্থান ওই) মাহুম্না ও ঔ গীসু তখাই অমনা কণ্ঠ (খৌরিনা স্থান ওই) অর্থাৎ এ, ঐ, ও, ঔ মরি অসিগী অহান্বা তখাইদি "অ" নি মরমদি—অ+ই=এ, অ+এ=ঐ, অ+উ=ও, অ+ও=ঔ নি, অহুনা এ, ঐ, ও, ঔ গী মথক থংবা তখাইগীদি খৌরিনা স্থান ওই। অনুস্বারনে, যম মরিনে মাখোই অসিদি নাতোননা স্থান ওই। অযোগবাহসীং বিসর্গ, জিহ্বামুলীয় অমসু উপাধ্মানীয়গীদি মাখোইনা লৈরু ২ বা বর্ণ অহুগী মফম্না মাখোইগী স্থান ওই।

মথক্তা হাঙ্গৈখ্রবাসীং অসিগী তাৎপর্যদি মাসিনি—বর্ণ পুম্নামক্কী উচ্চারণ তৌবদা কণ্ঠ (খোড়ী) ব্যাপার (থবক্তি) য়াউদবা য়াদে, শোইদনা য়াউগদবনি অহুম্নদি ওইরগা চকারনাচিংববু উচ্চারণ তৌবদা স্বপ্নগী খৌরিতনা উচ্চারণ তৌবা য়াদে তালু (ভৌ) নাচিংবগী ব্যাপারসু য়াউদবা য়াদে। মম্নম অসিনা খোনাউতনা উচ্চারণ তৌবা য়াদহুনা বর্ণ অহু অহুবু উচ্চারণ তৌবদা চংলি ২ বা অহু অহুবু বর্ণ অহু ২ গী স্থাননি হাঙ্গৈবনি, অহুনা তালু, শির,

নাচিংবসিং অদুদা কণ্ঠস্থ য়াউই, অমুম্না খংনগনি। কু অর্থাৎ ক, খ. গ, ঘ, ঙ, মাখোই অসিবু ব্যাকরণ অতৈ অতৈনা সারস্বতী ব্যাকরণ অসিমক্তস্থ কণ্ঠ্যবর্ণ ( খোঁড়ীদা থোকপ ) নি অমুম্না হাঙীখরে, অদুগা পাণিনিগী শিক্ষা- নদি হাঙী "জিহ্বামূলে তু কুঃ প্রোক্তঃ" কবর্গদি জিহ্বামূলনা থোক্নফম ওই, অমুম্না হাঙীরি অদুনদি মাদুগী সিদ্ধান্তদি—ক, খ, গ, ঘ, ঙ দি কণ্ঠ (খোঁড়ি) মক্তদা উচ্চারণ তৌদে লৈএং ( জিহ্বামূল ) দা তৌই, অদুনা ব্যাকরণনা কণ্ঠ্য হাঙীবদু কণ্ঠমূলবু হাঙীবনি অদুনা লক্ষণাবৃত্তিনা খংনগনি। মরম অসিনা "জিহ্বামূলীয়স্য জিহ্বামূলম্" জিহ্বামূলীয় কৌবা বর্ণগীদি জিহ্বামূল ( লৈএং ) না স্থাননি হাঙীবদুনা জিহ্বামূলীয় বর্ণদি আশ্রয় স্থানগীনি অর্থাৎ মানা আশ্রয় তৌবা অদুগী স্থাননা মাগী স্থান ওই, অদুগা জিহ্বামূলীয় বর্ণদি ক—খ তদা আশ্রয় তৌবা মরম্না ক-খনাচিংববু চান্নবা কণ্ঠনা স্থান নত্তে জীহ্বামুলনা স্থান'নি হাঙীবা শিক্ষাকারগী মতনা অচুম্বনি। অমুম তৌদুনা ত থ দ ধ ন বু দন্ত্য ( য়া ) না স্থান ওইরবদি, ময়া তেক্লবদি তবর্গ হাঙীবা ঙমদবতাই, অদুনা ময়া তেকপনস্থ হাঙীবা ঙম্বনা দন্তমূলদা স্থাননি অমুম্না খংনগনি। ব গী দন্তনে ওষ্ঠনে অনিনা স্থান ওই হাঙীবাদুনা ব বু দন্তনাস্থ ওষ্ঠনস্থ উচ্চারণ তোঙান তোঙান্না তৌই হাঙীবনি, দন্তগা ওষ্ঠগা অনিনা পুলপনা উচ্চারণ তৌই হাঙীবা নত্তে, মাদু ওইরবদি "দন্ত্যোষ্ঠ্যঃ" হাঙীরোইদবনি, "দন্তোষ্ঠ্যঃ" অমুম্না শিক্ষানা হাঙীগদবনি। "অনুস্বারযমানাঞ্চ নাসিকাস্থানমুচ্যতে"—অনুস্বারনে যম মরিনে পুম্নমক্কী নাতোননা স্থান ওই, হাঙীবা অসিদা যম মরি হাঙীবদি মথক্তা হাঙীখ্রবা ক খ গ ঘ না খংনবা ময়েক মরি অদুবুনি, অদুগা যম কৌবা প্রত্যাহারগী ময়েকসীং অসিগীস্থ নাতোনস্থ মাখোইগী স্থান ওই হাঙীনা খংনগনি অমস্থ যম হাঙীবা প্রত্যা- হার অদুনা উপলক্ষণ ওইদুনা অম্ প্রত্যাহারগী ময়েকসীংদা হ নে র নে অনিসি নত্তবাগী মখৈস্থ নাতোনস্থ মাখোইগী স্থান ওই' অমুম্না খংনগনি। মরম অসিনা পাণিনিনা মাদুম্না সূত্র লেংই। অদুনদি যমসিং অসিগীদি স্থান অনি অনিনি অমুম্না খংনগান মরমদি—মাখোইগী পোকফম স্থান অমুগা নাতোনগা থারগা অনি ২ মুই। অযোগবাহ বর্ণসীংদা বিসর্গনে জিহ্বামূলীয়নে, উপধ্মানীয়নে মাখোই অদুম অসিদি বিসর্গগী মওং ওাক্তা

ওইবনা আশ্রয়স্থানভাগী ওাক্তনি। মানা লৈরুবা বর্ণ অদুগী পোক্লফম্না মাগী পোকফম ওই, মরম অসিনা বিসর্গগী মখাদা ক অমসু খনা লৈরগা জীহ্বা-মূলীয় ওই অদুনা জীহ্বামূলগী জীহ্বামূলনা স্থান ওই, অসুম্না মথক্তা হাঙ্ঈখরে; মাদুগুম্না বিসর্গগী প-ফ না মখা লৈরগা উপাধ্মানীয় ওইবা মরম্না উপা-ধ্মানীয়গী ওষ্ঠনা স্থান ওই মাসুম্না খংনগনি। মথক্তা হাঙ্ঈখ্রবা ময়েক্কী পোক্লফম হাঙ্ঈবসিগী মরমদা মাসুম্না খংনগনি, মাদুদি—বর্ণ হাঙ্ঈবসিমক্তবু পুম্নামক আকাশদা লৈবা ওাক্তনি. মাখোই অদুগী থোকপা মতমদা কণ্ঠ, তালুনাচিংবা হাঙ্ঈরি হাঙ্ঈরিবা মফম অদুনা করণ ওইবতনি, চুমই অদুবু বর্ণসীং অদুগী স্থাননি অসুম্না হাঙ্ঈরুবদি বর্ণসীংবু ফোংদোকলিবা কণ্ঠ, তালুনাচিংবদা বর্ণসীংবু পোকহনবা বায়ুগা তম্নবগী আধার ( লৈফম্ ) ওইবন বর্ণসীং অদুগীসু লৈফমনি অসুম্না লক্ষণা তৌবনি। তালুনাচিংবা অদু অদুগুম্বা মফম অদুদা লৈতোম্নাচিংবগা মড়ী ওইনরগা বর্ণ অদু থোকপনা মরম ওইদুনা লৈতোম্নাচিংবা লৈবা প্রযত্নবিশেষ, মহাক্তি অভ্যন্তর প্রযত্ন কৌবা অদুদা শোকপা খিত্তশোকপনা চিংবদা বর্ণ ফোংদোকপগী করণগী মতৌ ওই হাঙ্ঈফম থোকই। **অভ্যন্তর প্রযত্ন** কৌবদি বর্ণ অদু থোক্ক-রিঙৈদা হান্ননা শেমদুনা ওাইরিবা চিন মন্নুংগী থৌরাংবু কৌই, বাহ্যপ্রযত্ন কৌবনা বর্ণ থোকখ্রবা তুংদা ওইহৌবা প্রযত্নবু কৌই অসুম্না খংনগনি। মাদুদি অসিনি—বর্ণ উচ্চারণ তৌবদা "লৈ" না অথোইবনি, অদুনা লৈগী মতোন ময়াই অমসু মরু অহুম অসি প্রযত্নদা সিজন্নগদবনি, অসুম্না হাই।

## ১। জিহ্বাতালব্য মূর্দ্ধণ্যদন্ত্যানাং জিহ্বয়া করণম্।

লৈএং, ঙৌ, কোক, য়া মাখোই অসিনা স্থান ওইবা বর্ণসীংবু উচ্চারণ তৌবদা জিহ্বা—লৈনা করণ ওই। ( কোক ) হাঙ্ঈবদি, চিন মন্নুং অহো-বগা ময়াই ইখ্রাইদগী হেন্না ব্রাংখৎপা মফম অদুবুনি অসুমনা খংনগনি, মাদুবু সংস্কৃতত্তা মূর্দ্ধা কৌই। কোক্কী মথংদা লৈববু তালু—ঙৌ, ঙৌগী মথংবুনা কণ্ঠমূল কৌই। অদুনা মফম মফম অদুদা লৈনা শোকনি অদুনা ঙৌদা লৈ থমদুনা চ ছ জ ঝ ঞ শ বু উচ্চারণ তৌগনি।

## ২। জিহ্বামূলেন জিহ্বানাং তদ্ যেষামভ্যাসম্।

অদুগুম্বা বর্ণসীং অদুগী জিহ্বামুল—লৈয়েংনা স্থান ওইবা অদুগুম্বা বর্ণসীং অদু উচ্চারণ তৌবদা লৈএংনা উচ্চারণ তৌদুন' অভ্যাস তৌগনি। মাদুদি—ক, খ, গ, ঘ, ঙ ইত্যাদি

৩। জিহ্বোপাগ্রেণ মূর্দ্ধণ্যানাম্।

কোকনা স্থান ওইবা বর্ণসীংবু উচ্চারণ তৌবদা কোক্তা লৈতোনগী মনাকনা থমদুনা উচ্চারণ তৌগনি।

৪। জিহ্বাগ্রাধঃ করণং বা।

কোকনা স্থান ওইবা বর্ণসীংবু উচ্চারণ তৌবসি মথকী অদুম্না তৌব্রগা লৈতোনগী মখানা কোক্তা থমদুনা উচ্চারণ তৌগনি! মাদুদি— ট, ঠ, ড, ঢ, ন, র, ষ ইত্যাদি

৫। জিহ্বাগ্রেণ দন্ত্যানাম্।

দন্ত্যবর্ণ য়া হৌফমদা উচ্চারণ তৌবাসীংগীদি লৈতোননা মফম অদুদা থম্লগা উচ্চারণ তৌগনি, মাদুদি—ত, থ, দ, ধ, ন, শ ইত্যাদি

হাঈখিব্রা মখল মঙা অসি মনুংগী করণ—অন্তঃকরণনি।

প্রযত্নো দ্বিবিধঃ - প্রযত্ন মখল অনিনি, মাদুদি—

আভ্যন্তরঃ বাহ্যশ্চ—আভ্যন্তর কৌবা অমা, বাহ্য কৌবা অমনি।

আভ্যন্তরস্তাবৎ—বর্ণ অদু থোক্তরিঙৈদা হান্ননা তৌবা আভ্যন্তর প্রযত্ন অদু হান্ননা হাঈগে—

১। স্পৃষ্টকরণাঃ স্পর্শাঃ

ক, খ, গ, ঘ, ঙ, চ, জ, ঝ, ঞ, ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, ত, থ, দ, ধ, ন, প, ফ, ব, ম, মাখোই ২৫ অসিবু উচ্চারণ তৌবদা মাগী ২ হাইখিবা মফম ২ অদুদা লৈগী মফম ২ অদু চান্ননা শোক্তুনা উচ্চারণ তৌগনি। অদুনা মাখোই ২৫ অসিবু স্পর্শবর্ণ কৌই।

২—ঈষৎ স্পৃষ্টকরণা অন্তঃস্থাঃ।

য়, র, ল, ব মাখোই মরি অসিবু উচ্চারণ তৌবদি মাগী ২ মফম ২ অদুদা লৈগী মফম মফম অদুনা খজিক্তা শোক্তুনা উচ্চারণ তৌগনি।

৩—ঈষদ্বিবৃতকরণা উষ্মাণঃ।

শ, ষ, স, হ মাখোই মরি অসি খজিক্কং বিবৃত ওইনা হাঙ্গৈবদি মাগী ২ মফমদা লৈগী মফম ২ অতুনা লাপ্তকতৌনা থমদুনা উচ্চারণ তৌগনি।

## ৪—বিবৃতকরণা বা।

মথক্তা হাঙ্গৈবা উষ্মবর্ণসীং—শ, ষ, স, হ, মাখোই অসি উচ্চারণ তৌবদা মাস্মন্না তৌবস্থ য়াই, মাদুদি মাগী ২ মফম ২ অতুদা লৈগী মফম অতু থমদুনা উচ্চারণ তৌবস্থ য়াই, মাখোই অসিবু উষ্ম—অসাবা বর্ণ কৌবদি চিন্দা শারগা থোরক্পা খোঙ্জেল অতুগা মানৈ, মাতুদা মরিথোক্লাখেন্নবদি, মাখোইগী অভিব্যক্তি স্থান অমস্থ লৈগী মওং মান্নদবতনা মরি থোকপনি অস্থুন্না খংনগনি।

## ৫—বিবৃতকরণাঃ স্বরাঃ।

স্বরবর্ণ—অ, আ-নাচিংববু উচ্চারণ তৌবদা মাগী ২ মফম অতুদগী লৈগী মফম ২ অতু লাপনা থমদুনা উচ্চারণ তৌগনি, অতুনা স্বরবর্ণবু বিবৃতপ্রযত্ন কৌই।

## ৬—সংবৃতস্তু কারঃ—

স্বরবর্ণসিংগী মবক্তা "অ"বর্ণ অসিদি সংবৃতপ্রযত্ননি, মরমদি মহাকপু হাঙ্গৈবা মতমদা খোঁড়ী মথুল অসি খরা থূজিল্লি, তৌইগুম্বস্থু থবক্কী মতমদদি বিবৃত-প্রযত্ন ওইনা হাঙ্গৈবদি খোঁনাউ মরিল পোংলপ তৌই। অতুনা পাণিনিগী অরোইবা সূত্রদা "অ অ ইতি" অস্থুন্না তাকই। মাসি পাঠকসীংনা মুঙাইনা খংননবা হাঙ্গৈরবদি মাসিনি, মাতুদি—অহানবদা গুরুনা তম্বীবদা 'অবর্ণবু হাঙ্গৈবা অতু সংবৃত ওইনা হাঙ্গৈবা ঙাক্তনি। মাতুদি—অ (ও) আ, ই, ঈ অস্থুন্না হাঙ্গৈনা তম্বা মাতু সংবৃতনি। অতুগা অবর্ণ অতুনা চৎনরক্লবা মতমদদি অবর্ণ অতুন বিবৃত ওইনা সিজন্নৈ, মাতুদি বিবৃতউচ্চারণদা অবর্ণ অসি "আ" হাঙ্গৈবগী অতেনবা খোলহাঙ্গৈদা সিজন্নৈ মাতুবু বিবৃত উচ্চারণ কৌই। মাসি খংননবা তেন্না হাঙ্গৈরবদি বাঙ্গালীসীংনা "অ" বু উচ্চারণ তৌবা অতু সংবৃত্তনি 'ও' গী খোলহাঙ্গৈগা ফনমানৈ। অতুগা মৈতৈরোন্দা সিজন্নবা অবর্ণদি আগী অতেনবা খোলহাঙ্গৈগা ফনমানৈ অতুবু মাতুবুনা বিবৃত উচ্চারণ কৌই। মতাং অসিদা প্রসঙ্গদগী অবর্ণগী ময়ী-মহাঙ্গৈগী মরমদা খরদং সন্দোকনা হাঙ্গৈরি, মাতুগীদমক পাঠকসীংনা ঙাকপীগনি। মাতুদি—

মৈতৈ—মণিপুরীসীংনা অবর্ণবু গুরুগী মুখদগী তম্বা মতমদা অ (ও) য়, র, ল, ব (উ) শ, ষ, স, হ, ক্ষ অস্থুন্না তমই। মাতুদা হাঙ্গৈবদা অ বু ও

গুম্না হাঙ্গৈখ্রগা সিজন্নবদা আ অতেনবাগুম্না উচ্চারণ তৌবসিদি পাণিনি-নাচিংবগী উদ্দেশ্যগা মানৈ। মরম অহুনা মিতৈগী অবর্ণ উচ্চারণ অসি শিষ্টসম্মতনি, মিতৈনা আকারবু উচ্চারণ তৌবা অসুম্না বেদগী মফম অয়াম্বদা তৌই। তৌইগুম্বসু যজুর্ব্বেদ অমসু আথর্ব্ব প্রাতিশাখ্যাদা উবদি মিতৈনা অহানবা তম্বা মতমদা তৌবা অবর্ণগী উচ্চারণ অসি— সংবৃত উচ্চারণ আস ওইনা ঋগ্বেদদা চৎনরমই। অহুগা মিতৈনা অবর্ণবু উচ্চারণ তৌবা মতৌ অসি ভারতকী নোংচুপথংবা লমদমদা মহারাষ্ট্র, তেলেগু, তামিল পুম্নামক্তাসু তৌই। মাংম্না ইউরোপীয়ানসীংসু তৌই। থাইনগী ইরাণীভাষাদসু মিতৈগুম্না তৌই। হাঙ্গৈরিবাসীং অসিদদি বাঙ্গালীগুম্না তৌদে।

অকারবু সংবৃতউচ্চারণ তৌবা (বাঙ্গলাগুম্না উচ্চারণ) দা চংবা মতমদগী মিতৈগী বিবৃতওইনা উচ্চারণনা মতম শাংবা হেল্লি। মাহুমক পাণিনীয়শিক্ষানা হাঙ্গৈ "সংবৃতং মাত্রিকং জ্ঞেয়ং বিবৃতং তু দ্বিমাত্রিকম্" অসুম্না হাঙ্গৈ রাফম অসি *Leberbuchder Phanitik* কৌবা লাইরিক্তা *Jesper Sen* সাহেবনা ইরমঙ্গৈ, মাহুদি—বিজ্ঞানগী খোঞ্জেনগী চাং এংনবা খুৎলাইনা পরীক্ষা তৌদুনা এংবদা সংবৃতদগী বিবৃতনা উচ্চারণ তৌবদা শাংবা হেল্লি হাঙ্গৈবসি অচুম্বনি হাঙ্গৈনা পুথোকখরে। মতম অসিদা মী অয়াম্বনা চাউরাকনা খংনরিবদি মিতৈনা অকারবু উচ্চারণ তৌবা মতৌ অসি মিতৈনা পাবদা অ খুদিংদা অসুমক তৌই, বাঙ্গলা পাবা মতমদা তৌবা অ গী উচ্চারণ মতৌ অসিদি মিতৈরোন্দদি ইতৌ তৌদে, সুপ্নগী অঙাংদা তম্বাবা মতমতদা খর খরা তৌবতনি অসুম্না খংনরি, মাহুদি চুমদে মিতৈনা মাখোইগী লোন অসিনা থৈদরিঙৈগী মতমদা থাইনা কুইখরবা বৈদিক যুগতা মাখোইনা চৎনখিবা প্রাতিশাখ্যগী মতুংইন্না "অ" বু করিগুম্বা মফমদা সংবৃতওইনা করিগুম্বা মফমদনা বিবৃত ওইনা উচ্চারণ তৌরমই হাঙ্গৈবা ছুজিক ফাউবা লোন্নরিবা অমসু অরিবা মিতৈগী শব্দ ময়াম্না সাক্ষী ওইহুনা তাকলি। মাহুদি প্রাতিশাখ্য ময়ামদগী ঐখোইনা খংবা ঙমই, বৈদিক যুগতা অ বু মফম অমদা করিগুম্বা পদ অমদা সংবৃত ওইনা, করিগুম্বা পদ অমদনা বিবৃত ওইনা উচ্চারণ তৌবসি সংস্কৃত সাহিত্যাদা অমসু চৎনবা লোন্দসু ওইরমই। খুদমগীদমক হাঙ্গৈরবদি সংস্কৃতভাষাদা আকাশবু অমসু

কণ্ঠবু "খ" কৌই। অদুগুম্না সংস্কৃতভাষাগী "খ" হাঙ্গৈবা পদ অসিবু মণিপূরদা মিতৈসীংনা সংস্কৃত অদুমক মাখোইগী মরোল ওইনা চৎনরমই, অদুগা উচ্চারণদি সংবৃত ওইনা ( বাঙ্গালীনা তৌবা অবর্ণগী উচ্চারণ মতৌ ওইনা ) চৎনরমই।

মরম অসিনা লোন থৈরক্লবা মতম অসি ফাউবা "খ + নাল" বু খোনাউ = খোনাউ কৌরি। অদুগা হুজিক ফাউবা চিংয়া-তময়াদা তারিবা মিতৈসীং মাখোই অং মক্তি গৌরধর্ম্ম চত্রিবাসীংনা আকাশবু 'খ' হাঙ্গৈগদবদা সংবৃত উচ্চারণ তৌদুনা মাখোইহগী মরোল্দা অতিয়াবু 'খ = খো' হাঙ্গৈনা কৌরি। অসিনাচিংবা মিতৈরোনগী অবর্ণবু সংবৃত উচ্চারণ তৌরম্বগী খূদমনা ইঙ্গান ঙাননা সাক্ষী ওইরি। মাসুমনা তৌবসি আর্য অতৈ অতৈগী লোন্দসু য়াম্না তৌই। খূদমগী দমক পার্শিজাতিসীংগী জেন্দআবেস্তা কৌবা লাইরিক্তা— য়াম্না উবা ফংই, মাদুদি,— বসু হাঙ্গৈবা শব্দগী 'ব' অসি পার্শিসীংনা থাইনা সংবৃত ওইনা উচ্চারণ তৌরমই, অদুনা মাখোইগী লোন থৈরক্লবা ফাউবা স বু হ ওইনা হাঙ্গৈরবা মতমদা "বসু" মাঙ্গৈগদবদা "বোহু" হাঙ্গৈরিবা অদুনা চিংবাগুম্না মিতৈগীসু খংনগনি।

অমসু মিতৈনা মাখোইগী বৈদিকযুগতা অ বু সংবৃত ওইনা হাঙ্গৈরম্বা অদুগুম্না বিবৃত ওইনসু হাঙ্গৈরমই, খূদমগী দমক হাঙ্গৈরবদি থাইনা মিতৈনা "পদ্ম" গী প অসি বিবৃত ওইনা উচ্চারণ তৌরমই, অদুনা হুজিকফাউ লোন থৈখরবদা "থম্বাল, থম্না, থমচেৎ, থম্বৌ" অসুম্না থদা বিবৃত ওইনা হাঙ্গৈরি।

মিতৈনা হুজিক থৈদবা অশেংবা সংস্কৃত শব্দ লৌদুনা সিজিন্নরবা— মতমদদি অ বু বিবৃত ওইনতা উচ্চারণ তৌরে, মাদুদি,— হরি পরিক্রমা, চরণামৃত অসিনাচিংবনি। তৌইগুম্বসু মিতৈনা মাখোইনা লৌসিল্লিবা সংস্কৃত শব্দসীং অদু বাঙ্গালীগী লাইরিক্তগী লৌবা ওইরবদি অ বু সংবৃত ওইনা— উচ্চারণ তৌই। মাদুদি,—চরণ দর্শন, বৃন্দাবন অসিনাচিংবনি। অদুম ২ ওইনমকপু হুজিক্তি মিতৈগী খৌরীদা অ কারবু বিবৃত ওইনা উচ্চারণ তৌবনা পশ্চিমী ভারতমচাগুম্না চুখরে, বাঙ্গালী অমসু আসামীগুম্না সংবৃত— উচ্চারণ তৌদরে।

মাসি মরমদা খংদবা য়াদবা অমসু লৈরি, মাদুদি,—গ্রীক অমসু চীন

জাতিগী লোনদা সংস্কৃত শব্দবু ইতুনা সিজিন্নবদা মাখোইনা অ কারবু চৎনবী মতুংইন্না করিগুম্বদা 'ও' না সিল্লি, করিগুম্বদসু 'আ' না সিল্লি, মাতুদি সংবৃত ওইনা উচ্চারণ তৌবা মফমদা ও না, অদুগা বিবৃত ওইনা উচ্চারণ তৌবা মফমদনা আ না সিনবনি। মাদুগুম্না মিতৈগীসু করিগুম্বদা ও না করিগুম্বদা আ না সিনবদি সংস্কৃতশব্দ অশেংবা অদুদদি তৌদে। মাদু মাদুগুম্বা মফমদা খোলহাঈদা হোংলবসু ইবদদি 'অ' তনা অদুম্মক ইনৈ ( অসিনাচিংবা অ গী বিচার অমসু ময়েক অতে অতৈগীসু পাবিনিংবসীংদা ঐগী বিশ্বকোষদা— সন্দোক্না ইরি। মাদু পাণ্ডুলিপিদা পাবিবা য়াননবা কম্না হোৎনজরি)। মাসি ফাউবদা আভ্যন্তর প্রযত্নগী বিচারনি। *

## অথ বাহ্যাঃ প্রযত্নাঃ।

হুজিক্কি বাহ্য-প্রর্যত্ন হাঙ্গৈরি,—বর্ণ থোক্লগা ওইবা প্রযত্নসীং মথং মথং হাঙ্গৈরি।—

২। বর্গাণাং প্রথমদ্বিতীয়াঃ শষসবিসর্জনীয় জিহ্বামূলীয়োপধ্মানীয়া যমৌচ প্রথমদ্বিতীয়ৌ বিবৃতকণ্ঠাঃ শ্বাসাঽনুপ্রদানাশ্চাঘোষাঃ।

বর্গসীংগী অহানবা অমসু অনিসুবা বর্ণ— ক, খ; চ, ছ; ট, ঠ; ত, থ; প, ফ নে; শ, ষ, স, ঃ, ✕ ⌣ অমসু ৭৩, ঁ, য, ম, অনি অসিনে বর্ণ তরানিপান অসিদি উচ্চারণ তৌবদা খোনাউ মরীলবু বিবৃত ( পোংনা ) ওইনা শ্বাসানুপ্রদান ( উচ্চারণ তৌখ্রগা শ্বাস—হোল্লিবা স্বর পীবা ) অমসু অঘোষ ( হৌদবা সূক্ষ্মধ্বনি ) ওইনা উচ্চারণ তৌগনি।

৩। একে অল্পপ্রাণাঃ ইতরে মহাপ্রাণাঃ।

বর্গবর্ণসীং অদুগী মরক্তা কনা কনাগুম্বনা অল্পপ্রাণনি, অতোপপাসীংনা মহাপ্রাণনি, অর্থাৎ—ক, গ, ঙ, চ, জ, ঞ, ট, ড, ণ, ত, দ, ন, প, ব, ম, য়, র, ল, ব, ৭৩, ঁ, মাখোই অসি অল্পপ্রাণনি, শ্বাস— মুংশাস্বর য়ামদনা উচ্চারণ য়ামদনা উচ্চারণ তৌবনি। অদুগা মাসি নত্তবা বর্গসাং— থ, ঘ, দ, ঝ, ঠ, ঢ, খ ধ, ফ, ভ, শ, ষ, স, হ, ঃ, ⌣, ং, ৭৩, ꣲ অমসু অ, আ, ই, ঈ, উ, ঊ, ঋ, ৠ, ৯, এ, ঐ, ও, ঔ, মাখোই অসিনা মহাপ্রাণনি। মাখোইবু উচ্চারণ তৌরগা মুংশাস্বর য়াম্না হাপই।

---

* ঐগী বিশ্বকোষ লাঞ্জাউদা ঐগী লাইব্রেরী থাও হৈজিন্দুনা মৈ থাবিখ্রে, লৈতে, ২য় সংস্করণদা শিক্কানা ১ম সংস্করণগী ব্বা অসি ঐনা মুংসিদুনা মুথত্তরে।

৪ । বর্গাণাং তৃতীয়চতুর্থা অন্তঃস্থা হকারানুস্বারৌ যমৌ চ তৃতীয় চতুর্থৌ নাসিক্যাশ্চ সংবৃতকণ্ঠনাদানুপ্রদানাঘোষবন্তশ্চ ।

বর্গবর্ণসিংগী মরক্তা অহুমসুবা মরিসুবা— গ ঘ জ ঝ ড ঢ দ ধ ব ভ অন্তস্থ— য র ল র হ ং অহুমসুবা মরিসুবা যম বর্ণ, অনুনাসিক ওইনা উচ্চারণ তৌবা স্বরবর্ণ মাখোই অসি উর্চ্চারণ তৌবদা সংবৃত-কণ্ঠ —খৌনাউ মরীল খুরপ তৌগনি। স্বাসানুপ্রদান—খোঞ্জেল পিকনা হাঙ্গৈগনি, অমসু ঘোষবন্ত —অশুকপা গম্ভীর ওইনা উচ্চারণ তৌগনি।

৫ । যথা তৃতীয়াস্তথা পঞ্চমাঃ ।

বর্গবর্ণগী অহুমসুবগুম্না পঞ্চম--মঙাসুবা বর্ণবু উচ্চারণ তৌগনি। গ জ ড দ ব গুম্না ঙ ঞ ণ ন ম বু সংবৃতকণ্ঠ, নাদানুপ্রদান অমসু ঘোষবৎ— ওইনা উচ্চারণ তৌগনি।

৬ । আনুনাসিক্যমেষামধিকো গুণঃ ।

মথক্তা হাঙ্গৈখরবা ঙ ঞ ণ ন ম মঙা অসি চিনলোমদা উচ্চারণ তৌরগা নাতোনবু স্বর পীগনি। মঙা অসিনা বর্গবর্ণ অতৈদগী হেন্দোকপা গুণদি মাসিনি।

মতাং অসিদা মাসিমাসু খংহৌবা চুমই, মাহুদি,— 'ঙ' হাঙ্গৈবা ময়েক অসি মিতৈনা হাঙ্গৈবগা বাঙ্গালীসীংনা হাঙ্গৈবগা মান্নদে, বাঙ্গালীসীংনা হাঙ্গৈবদি "উ" অমুম্না হাঙ্গৈ। ঞ ময়েক অসিমা হিন্দীসীংনা হাঙ্গৈবগা মিতৈগা মান্নদে। হুজিক্কী মতমদা ভারতবর্ষদা লোন পুম্নমক্তা ং অনুস্বার অসি ঙ্ গুম্না উচ্চারণ তৌনরে। মিতৈরোন্দদি ং অনুস্বার তপ্লিবা স্বরবর্ণ অহুনা উদাত্ত নত্রবদি ঙ্ ওইনা ইনবা অমসু চৎনসি হাঙ্গৈনরে, মাহুসু চান্নবা নত্তে মাহুদি—অমগী মখোন অমদা থোনজিনবনি। মরমদি উদাত্ত, অনুদাত্ত অমসু স্বরিতদি স্বরগী ধর্ম্মনি, মাহুবু মিতৈনা ং, ঙ্ দা হাপচিনবা চুমদে, মচৎনসি হাঙ্গৈজবতনি। মাসিমাসু পাঠকসীংনা নিংসিংবিগনি, মাহুদি—পদগী অরোইবদা লৈবা ম্ অসি মথংদা ময়েক অতৈ লৈত্রবদি ং ওইনা উচ্চারণ তৌবসু য়াই, অসুম্না ব্যাকরণনা য়াএল্লি। মরম অহুনা ওম্ বু ওং, ক্লীম্ বু ক্লীং— অসুম্নাসু ইনৈ, অতুগা ং বু ঙ্ গুম্না উচ্চারণ তৌবদি চুমদে। ওম্ — ওং ওঙ্ অনি অসিদি মশানা খেন্নজবনি। ভারতবর্ষগী মমুংদসু নোংপোক্রোমদা

অহুনকীমথৈ কাথংলগা য়া ভাংবদা ঙ য়াম্না য়াওই। অহুনা বর্মা, জাপান চীন, তিব্বতনাচিংবদা ঙ য়াম্না সিজয়ে, মাহুপ য়ামনা ভারততা ব্রহ্মাবর্ত্ত-য়োমদা চংনদে। মিতৈরোনদা হুজিক ং নত্রগা ঙ্ তপতুনা চংনরিবা পুম্বা অহু ং নত্তে ঙ্ ভাক্তনি অস্থম্না খংনগনি। ং গী উচ্চারণদি চন্দ্রবিন্দু ঁ গী উচ্চারণগা মাষৈ। চন্দ্রবিন্দুগী উচ্চারণদি ঁ তপলিবা বর্ণ অহুবু উচ্চারণ তৌবদা ময়েক অহু থোকলগা মুংশাস্বর অহু নাতোয়োমদা থোকহনবতনি। শিক্ষাদা হাঙৗরি—বর্ণ হাঙৗবসি ৬৩ নি, ৯বর্ণবু প্লুত লৈবা ওইনা লৌরগা ৬৪ নি। হাঙৗরিবা অহুগী মহুংদা চান্দবিন্দু হাঙৗবসি য়াওদে, ঁ চান্দবিন্দু অসিদি অনুস্বারগী মশকনি। অহুনা ইবা মতমদা অনুস্বার তপকদবদা—চান্দবিন্দু ঁ তপ্পতনি। খুদম—ওম্ = ওং = ওঁ, মাদুম্না ক্লীম্ = ক্লীং = ক্লীঁ—অমওনি, অহুনা বেদদা চান্দ্রবিন্দু হাঙৗবা ময়েক অমা লৈতে। অমস্থ লোন হাঙৗবাসিগী থৈরকপা মতুংইন্না সংস্কৃততন্ত্র থৈখিহুনা হুজিক্তি ওঁ ক্লীঁ নাচিংবাবু ওঙ্ ক্লীঙ্ গুম্না উচ্চারণ তৌরে, মাহুস্থ চুমদে। মাহুম্না চুমখিত্রিবা অহুস্থঃ বু হ্ গুম্না স্পষ্ট ওইননবা ভৌখিবাগুম্না ং বু ঙ্ গুম্না হাঙৗজিন-খিবনি, অহুনা শিক্ষাশাস্ত্রনাচিংবগী মতুংইন্না বর্ণগী উচ্চারণ শিক্ষা অসি—অভ্যাস তৌগদবনি।

৭। শাদয়উষ্মাণঃ।

শ, ষ, স্ হ মাখোই অসি উষ্মবর্ণ কৌই, মাখোই অসিবু মহাপ্রাণ—উচ্চারণ তৌবদা মুংশাস্বর য়াম্বনি, অস্থম্না খংনগনি!

৮। স্থানেন দ্বিতীয়া

বর্গগী দ্বিতীয় বর্ণ—খ, ছ, ঠ, থ, ফ দি স গুম্না মহাপ্রাণনি।

৯। হকারেণ চতুর্থাঃ

বর্গগী মরিস্থবা— ঘ, ঝ, ণ, তদি হ গুম্না মহাপ্রাণনি অমস্থ ঝ, ঢ, ধ, ঘ, ভ, মশা অসি খশ—খাশীয়ানানাচিংবগী ল্যোনদা য়াওদে। "বর্গেষু চতুর্থ-বর্ণান্ নোচ্চরন্তি খশাদয়ঃ।"

১০। তত্র স্পর্শ যমবর্ণকরো বায়ুরয়ঃ পিণ্ডবৎ স্থানমভিপীড়য়তি অন্তস্থবর্ণ করো বায়ুর্দারুপিণ্ডবদূষ্মবর্ণকরো বায়ুরূর্ণাপিণ্ডবদুক্তাঃ স্থান-করণপ্রযত্নাঃ।

ক দগীনা ম ফাউবা বর্ণ ২৫ স্পর্শবর্ণসীংবু যমবর্ণসীংবুস্থ উচ্চারণ তৌবদা মুংশাস্বর অদু য়োং মতুম অমগুম্না কলহসগনি। য র ল ব্ব উচ্চারণ তৌবদা মুংশাস্বর অদু উ মতুমগুম কলহনগনি। শ ষ স হ অমস্থ স্বরবর্ণবু উচ্চারণ তৌবদা মুংশাস্বরবু শামতু মতুমগুম্না থোংতক তৌহন্দুনা উচ্চারণ তৌগনি, স্থান, করণ অমস্থ প্রযত্নবু হাঙ্গৈখ্রবা অসিনি।

১১। অবর্ণস্ত্রহ্রস্বদীর্ঘপ্লুতত্বাচ্চ ত্রৈস্বর্য্যোপনয়েন চানুনাসিক্যভেদাচ্চ সংখ্যাতোঽষ্টাদশাত্মক এবমিবর্ণাদয়ঃ।

'অ' হাঙ্গৈবা বর্ণ অসি হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত অস্থমনা মখল অহুম থোক্লগা উদাত্ত, অনুদাত্ত, অমস্থ স্বরিত অস্থমনা ৩ থোকতুনা মাপন সুরে, মাথোই মাপন অদুবু অমোক অনুনাসিক, নিরনুনাসিক হাঙ্গৈদুনা অনি থোকনা খাঙ্গৈবনা—১৮ থোকই। মাস্থমনা ই বর্ণনাচিংবগীস্থ ভেদ ১৮। ১৮ থোকই।

১২। ঌবর্ণস্য দীর্ঘা ন সন্তি তং দ্বাদশভেদমাচক্ষতে।

ঌ হাঙ্গৈবা ময়েক অসিদি দীর্ঘ লৈতে, অদুনা হ্রস্ব, প্লুত অস্থমনা অনি থোকনা খাঙ্গৈরগা উদাত্ত, অনুদাত্ত, স্বরিত অস্থমনা অহুম থোকনা অমোক খাঙ্গৈদুনা ৬ থোকলে, অদুগা সানুনাসিক অমস্থ নিরনুনাসিক হাঙ্গৈদুনা ২। ২ থোকনা খাঙ্গৈবনা ঌকারদি ভেদ ১২ তনি।

১৩। যদৃচ্ছা শব্দ অশক্তি জানুকরণে বা যদা দীর্ঘাঃস্যুস্তদাষ্টাদশ ভেদং ব্রুবতে কৃ৯পক ইতি।

ঌকার অসি কনা কনাগুম্বগী মততা দীর্ঘ লৈ, মাদুদি—মনিং তৌনা—দীর্ঘ ওইনা হাঙ্গৈদোকপা নত্রগা হাঙ্গৈবা থোক্তবনা হাঙ্গৈবা রাহৈগী তম্বদা দীর্ঘ ওইনা হাঙ্গৈরবদি ঌকারস্থ দীর্ঘ লৈ, মাদুদি "কৃ৯পক" অসিনাচিংবনি, মাস্থম্না হাঙ্গৈরবদি ঌকারস্থ ভেদ ১৮ থোকই।

১৪। সন্ধ্যক্ষরাণাং হ্রস্বা ন সন্তি তান্যপি দ্বাদশপ্রভেদানি।

এ, ঐ, ও, ঔ, মরি অসি হ্রস্ব লৈতে, অদুনা মাথোইস্থ ভেদ ১২ তনি।

১৫। অন্তঃস্থা দ্বিপ্রভেদা রেফবর্জিতাঃ সানুনাসিকা নিরনুনাসিকাশ্চ।

য়, র, ল, ব্ব মরি অসিদা র নত্তবা অহুম অদু মখল অনি থোকই,—সানুনাসিক অমনা নিরনুনাসিক কৌই।

**১৬। রেফোষ্মণাং সবর্ণা ন সন্তি।**—র ফ গা শ, ষ, স, হ গা সবর্ণ—ওইনদে।

**১৭। বর্গ্যো বর্গ্যেণ সবর্ণঃ।**—বর্গ্য বর্ণনা বর্গ্য বর্ণগা সবর্ণ ওই।

১৮। ইত্যেষ ক্রমো বর্ণানাম্ তত্র কৌশিকীয়া শ্লোকাঃ।

বর্ণসীংগী মথং মনাউদি মাসুমনা লৈগনি, মাদুদি,—কৌশিকি মহর্ষিনা হাঙ্গী,—

সর্ব্বান্তেঽযোগবাহত্বাদ্বিসর্গাদিরিহাষ্টকঃ।
অকার উচ্চারণার্থো ব্যঞ্জনেষনু বধ্যতে॥

বর্ণমালাসীংগী মথং মথং লেংলকপদা পুম্নমককী অরোইবদা বিসর্গনা-চিংবা নিপানবু— ঃ, ×, ⌣, ং অমসু যম মরি হাপই। মরমদি—মাখোই অসি অযোগবাহনি। অদুগা ব্যঞ্জন ময়েকসীংসু ক্, খ্ অসুমনা ইরবদি—উচ্চারণ তৌবা য়াদে, অদুনা 'অ' অমামম হাপতুনা ক, খ, অসুন্না থমগনি হাঙ্গীনা খংনগনি। মাদুবু "অ" অনুবন্ধ কৌই। মতাং অসিদা প্রসঙ্গদগী মাসিমাসু খংনগনি, মাদুদি—মিতৈরোন্নাচিংবা ইবা মতমদা ব্যঞ্জন ময়েকসীংদা 'অ' হাপ্পা অদুদি পাবা মতমদা অবর্ণ অদু পারোই। মাদুদি—তমশিন্বা হাঙ্গীবদা ম্ অমসু ন্ অনি অসি অ অমামম হাপতুনা তমশিনবা অসুমনা ইগনি। মাসুমনা লোন্নরিবা লোন ইবদা হসন্ত হাপ্তনবা য়াউবা অ মহাক্তি উচ্চারণদি তৌদববু অ অনুবন্ধ কৌই। অদুগা মিতৈরোনদা লৌশিল্লকপা সংস্কৃত শব্দসীংগী 'অ' বর্ণবু উচ্চারণ তৌদবা য়াউই, মাদুদি—কোমল. কুণ্ডল কপট অসিনাচিংবা শব্দ পুমনমককী অরোইবদা লৈবা অ অদু হাঙ্গীবা—মতমদা য়াউদে, অর্থাৎ—হসন্তগুম্না কোমল্, কুণ্ডল্, কপট্ অসুমনা পাই। মাসুমনা পাই হাঙ্গীদুনসু হসন্তগী চিহ্ন '্' মাসি হাপনা ইবা য়াদে, মরমদি—মসানদি লৈফম থোকপদা উচ্চারণ তৌবিদববু "গ্রস্ত" কৌই। গ্রস্তস্বরগী দমক্তি হসন্তগী '্' চিহ্ন হাপ্পা হৌনদে। অদুনদি লৈফম থোক্তবদা ইবদা ফজনবা হসন্ত ওইনা ইদনবা হাপ্পা, অদুগা পাবদদি য়াউদববু অনুবন্ধ, অমসু লৈফম থোকতুনা লৈরগা পাবদদি য়াউদববু গ্রস্ত কৌই, অসুন্না খংনগনি। অদুগা মাসিমাসু খংনগনি, মাদুদি—গ্রস্ত ওইনা স্বরবু উচ্চারণ তৌদবসি—মহাভাষ্যকারনদি স্বরগী দোষনি, তৌহৈদে পাপ পোকই, অসুমনা হাঙ্গী।

মাহু বেদনাচিংবগী দমক্তা হাঙ্গৈবনি, অসুমনা খংনগনি। মরমদি শব্দ অতুনা বিশেষ্য ওইরবা মিং ওইনা সিজন্নরবদা অরোইবদা লৈবা 'অ' দি গ্রস্ত হাঙ্গৈবা অসি শিষ্টসীংনা চংনরকই। মাহুম্না গ্রস্ত ওইখ্রবা অ বর্ণ অতু চান্নানা— লৌখোকতুনা অনুকরণ শব্দ ওইহল্লগা ব্যাকরণগী নিয়ম মতুংইন্না বিভক্তি হাপতুনা সিজন্নবা ফাউবা য়াই। মরম অসিনা কবি-কল্পদ্রুমগী অরোইবদা **"বিদ্বদ্ধনেশ শিষ্যেণ"** অসুমনা লেংই।

১৯। ×ক ⌣পয়োঃ কপকারৌ চ তদ্বর্গীয়াশ্রয়ত্বতঃ।

পলিক্‌ক্লী চখ্‌খ্নতু জগগ্নিজর্ঘ্‌ঘ্নতুরিত্যত্র যত্বপুঃ॥

নাসিক্যনাক্তংকাদীনাং তইমেঽষমাস্তেষামুকারঃ সংস্থানবর্গীংলক্ষঃ॥

×ক—জিহ্বামূলীয়, ⌣প—উপাধ্মানীয়গী উচ্চারণ খংননবা হাপলিবা ক অমসু প, পলিক্‌ক্লী, চখ্‌খ্নতু, জগ্‌গ্নি অমসু জঘ্‌ঘ্নতু হাঙ্গৈবনাচিংবদা য়াউরিবা ক্, খ্, গ্, ঘ্ মসি অসি যম মরিগী উচ্চারণ মশক খংনবা হাঙ্গৈবনি, নাতোন্দা উচ্চারণ তৌব. বর্ণসীংবু ফোংদোকপা নত্তে, মরম অতুনা যমবর্ণ নত্তে অসুম্না খংনগনি, অতুগা ক, চ, ট, ত, প দা উকার হাপ্পনা মাগী ২ বর্গসীং অতু লৌগনি।

২০। **উক্তাঃ স্থানকরণপ্রযত্নাঃ**

বর্ণসীংগী থবক্লাচিংবা স্থান, লৈগী করণ, অমসু আভ্যন্তর বাহ্যপ্রযত্নসু হাঙ্গৈখ্রবা অসিনি।

২১। **যত্র স্থানবর্ণা উপলভ্যন্তে তৎস্থানম্‌।**

চিনগী মনুং. মফম অতুদা করণ অমসু প্রযত্নুনা মরম ওইহনা বর্ণ অতুনা কোংদোকপা অতুগুম্না মফম অতুবু বর্ণ অতুগী স্থান কৌই।

২২। **যেন নির্বর্ত্যতে তৎকরণম্‌**

মফম অতুদা নুংসাস্বর অমসু লৈগী মফম ২ না থমতুনা উচ্চারণ তৌবা অতুবু "করণ" কৌই।

২৩। **প্রযতনং প্রযত্নঃ**

বর্ণবু উচ্চারণ তৌবদা সোইখিনি হাঙ্গৈতুনা পুণ্য পোক্লনবা চেকসিন্না হোৎনরিবা বর্ণ থোক্তরিঙ্গেদা অমসু বর্ণ অতু পোক্লগসু হোৎনরিবা থবক অতুবু প্রযত্ন কৌই।

২৪। নাভিপ্রদেশাৎ প্রযত্নপ্রেরিতঃ প্রাণো নাম বায়ুরূর্দ্ধ-
মাক্রমন্নুরআদীনাং স্থানানামন্যতমস্মিন্ স্থানে প্রযত্নেন
বিচার্য্যতে।

খোয়দগী হৌদুনা হোনগৎলকইবা চিন, নাতোল্লোমদা থোরকইবা মুংসিৎপু প্রাণ—মুংসাস্বর কৌই। অদুগুম্বা মুংসাস্বর অদুনা য়েরবা মফমদা বিচার তৌদুনা বর্ণগী মশক ওইবা খোঞ্জেনবু থোকহনগনি।

( মসিদা অঙ্কথাবা সংস্কৃতকীমখৈদি বেদাঙ্গপ্রকাশদগী লৌবনি )।

* ইতি সারস্বত সংজ্ঞাপ্রকরণে—শিক্ষাপ্রকরণম্ *

---

## মিতৈরোনগী স্বরদা অনেম অৱাং খংনবা বৈয়াকরণিক ব্যাখ্যা।

বর্ষিয়সী মণিপুরী ভাষাগা বৈদিকী ভাষাগা অনিগী বৈজ্ঞানিক ভিত্তিদা তুলনা মুলক সমালোচনা তৌরগা তাইবংপানবদা ইনৌ নৌরিবা-গুম্বা জ্ঞান অমা থোরকই, মরম অসিনা মিতৈসৌংগী মড়ীদাদি মাসিমু থাদোকপা য়াদবা অমা ওইনা ঐখোইনা লৌরে। খূদমগীদমক বেদদা উদাত্ত, অনুদাত্ত অমসু স্বরিত অসুন্না বৈদিক ভাষাগী স্বর বর্ণদা খোম্থাং অহুমথোকনা লৈ, মাদুন্না তৌদুনা মিতৈরোনদাসু উদাত্ত, অনুদাত্ত অমসু স্বরিত খোনথাং অহুম লৈ। বেদদা স্বর ময়েক্তা লৈবা খোনথাংগী মতুংইন্না অর্থ খেন্নবাগুন্না মিতৈরোন্দাসু অর্থ খেন্নৈ, খূদমগীদমক.—

১ অতাবা— ময়েক্লা তাবা— মাসদা 'তা' অসি উদাত্তনি
২ অতাবা— নাকোংনা তাবা — ,, 'তা' অসি অনুদাত্তনি
৩ অতাবা— লৈপাক্তা তাবা — ,, 'তা' অসি স্বরিতনি

ৱাহৈ অহুম অসিগী 'তা' অদু হাঈবা মতমদা খৌনাও মড়িল্দা চৎপা স্বরগী মচৎ অদু শন্দুনা এংবিয়ু। মচৎ মান্নরোই, মাদুদা উদাত্ত, অনুদাত্ত অমসু স্বরিতগী মশক খংগনি। মাদুদা ওইবা মশক অদু মহাভাষ্যদা—

ভগবান্ পতঞ্জলিনা হাঙ্গী—"আয়ামোদারুণ্যমণুতাখস্যেত্যুচ্চৈঃকরাণি শব্দস্য" ময়েক অদু হাঙ্গীবা মতমদা হকচাং অসি চপসিনবা, চিন্থৎপা, হাঙ্গীবদি—হিকথদবা খোঁনাউ মড়ীলদা চৎপা স্বর অদু কনসিননা চৎপা অমসু খোঁ-নাও মড়ীল চপসিনববু 'উদাত্ত'—ব্বাংনা উচ্চারণ তৌবা কৌই। "অন্ব ব সর্গো মার্দবমুরুতা খস্যেতি নীচৈঃকরাণি শব্দস্য"—হকচাং হিকথবা, চৎলিবা স্বর অদু কন্দবা, খোঁনাউ মড়ীল পাকথববু নেমনা উচ্চারণ তৌবা কৌই। হাঙ্গীখরবা মখল অনি অদুগী মরক্তা হাঙ্গীবাবু 'স্বরিত' কৌই। মাসুন্না স্বর খুদিংগী উচ্চারণদা অনেম অব্বাংগী মতুংইন্না অর্থ হোংবা অসি বেদদা তৌই। মনোরমানাচিংবনা হাঙ্গীবদি কাকুনাচিংবা ব্বাহৈদা খরা—সিজন্নরবসু লৌকিক সংস্কৃততা তৌদরে, অসুমনা হাঙ্গী। মাসুন্না লোন্নরিবা লোনদদি করি করিগুম্বা মফমদা খরা খরা লৈরি। মাদুদি শ্যামদদি খরা য়াম্না লৈবা উই। মিতৈরোনদদি য়াম্না লৈরি। অদুনা বেদগী ব্যাখ্যাদদি মাসিগী মশক খংদ্রবদি মিতৈরোনগী অর্থ খংলোই, হাঙ্গীদুনা মহাভাষ্যগী প্রমাণ বচন্না ব্যাখ্যা তৌরিবনি। বেদদদি সাইন—খুদম হাপতুনা সিজন্নৈ, অমসু—ব্যাখ্যাদসু স্বরগী উচ্চারণ অদু খংনবগীদমক শিক্ষা অমসু সৌবরনাচিংবা তমনৈ। ঐখোইনা বেদগী ব্যাখ্যাদা মিতৈরোনদা মিঃ পেটিগ্রুগী মত লৌদুনা মফম অয়াম্বদা উদাত্তদা হ্রস্ব. অনুদাত্তদা দীর্ঘ সিজন্নৈ।

ঐখোইনা ফংলিবা ভাযা পুন্নমক্তগী বৈদিকী ভাষানা কুইবা ইহেন হেল্লি। মাগুম তৌদুনা ঐখোইনা মিতৈ জাতিবু অতিপ্রাচীনতম জাতিনি, হাঙ্গীনা থাজে, অদুনদি ময়েক্লা তারে, মিতৈরোনগা বৈদিকী ভাসাগা অনি অসি য়াম্না নক্লবা মড়ী লৈগনি, মাদু খংনবগী দমক করি করিগুম্বা মফমদা য়াওরম্বা লোন অনিগী মড়ী লৈনবা অদু খংলগা মিতৈগী মরমদা মহাভারত, রামায়ণনাচিংবা শাস্ত্রগী অর্থ পুম্বা সংসংনা খংবা ঙমগনি। খুদমগী দমক, ঋগ্বেদগী অহানবা মন্ত্রগী মনুংদা ১ অগ্নিম্ ২ ঈলে ৩ পুরোহিতম্ পদ অহুম অসি মিতৈরোনদা নক্লবা মড়ী লৈনৈ। অগ্নিবু মিতৈরোনদা মৈ কৌই, মহাক্তি মন্থ ব্বাহৈ অসিদগী থোকখিবনি। "ঈলে" পদ অসি থাঙ্গৈশেং-বদা মিতৈরোনগা চপ মান্নৈ। মাদুদি—ঈড়্+এ=ঈড় ধাতু লট্ আত্মনে পদ, উত্তমপুরুষ একবচননি। লৌকিক রূপতা "ঈড়ে" হাঙ্গীগদবনি, "ডকারস্য

লকারো বহ্বৃচাধ্যেতৃ সম্প্রদায় প্রাপ্তঃ।" রাএন অসিনা ড.গী মকমদা ল না সিনবনি। "উড়স্তুতো" ঈড় ধাতুগী অর্থনা ঈড়াংপা লৈসিলৈথোনবা হাঙ্গৈ। মাস্থমনা মিতৈরোনগা চপ মান্নে। পুরোহিতম্—মাসি মিতৈলোলনি, মিতৈনা পুরিং হাঙ্গৈনা উচ্চারণ তৌই। মিতৈনা পুরোহিতপু পুরিং কৌই, মাস্থম্না নিংথৌবুস্থ পুরিংলাই কৌই, মাহুদি নিংথৌদি মৈ কৌবা লাইগী মশকনি, হাঙ্গৈবনি।

## বাহৈদা স্বরগী খুদম হাপ্পা।

বেদদা মন্ত্রাংশদা স্বরগী খুদম হাপনৈ। মরম অসিনা ঐখোইস্থ গুরু-পরম্পরাগী লম্বেলদা মন্ত্রদা স্বরগী খুদম হাপলি, হুজিক্তি খুদমগী অর্থস্থ পাঠকসীংদা উৎচরি, মাহুদি—ময়েক অহুদা খুদম লৈত্রবদি উদাত্ত—অৱাং-বনি খংনগনি। "—" অস্থম্না ময়েক্কী মখাদা চিংলবদি অনুদাত্ত স্বরনি; অস্থম্না খংনগনি। ময়েক্কী মথক্তা "।" অস্থম্না অখুংবা খুদম লৈরবদি—'স্বরিত'—অৱাংবস্থ অনেম্বস্থ নত্তবা স্বরিতনি হাঙ্গৈনা খংনগনি। মাসি বেদদা তৌবনি। মিতৈরোনদস্থ মাস্থমনা তৌগদবনি। মরমদি মিতৈরোনদা লৈবা স্বরগী অনেম অৱাংগা বেদদা লৈবগা মশা অমত্তনি, অহুনা ঐখোইনা—অনাদি বেদগী চৎনবী অহু হোংদোকপা য়াদে। খুদম,—'লাকই'--মাই ওন্দুনা চংশিল্লকই। 'লাকই'—পোৎ লাকই। ফিদা উতি লাকই, অসিনা-চিংবনি।

## ঈশৈ ছকপা।

ঈশৈ ছকপদা সিজন্নবা স্বরগা, রা ঙাংবদা সিজন্নবা স্বরগা স্বর মখন্ অনি অসি মান্নদে। ঈশৈদা স্বরগী অনেম অৱাংদা মখন তরেৎনি, মাহুদি,—"ষ, ঋ, গ. ম, প, ধ, নি" অসিনি। ঙাংবগী অনেম অৱাংনা হাঙ্গৈখরে, উদাত্ত, অনুদাত্ত অমস্থ স্বরিত অসিনি। মাসিগী মরমদা যাজ্ঞবল্ক্য-শিক্ষানা হাঙ্গৈ, মাহুদি,—

উচ্চৌ নিষাদ গান্ধারৌ নীচমৃষভধৈবতৌ।
শেষাস্তু স্বরিতা জ্ঞেয়া ষড়্জ মধ্যম পঞ্চমাঃ।১।।

উদাত্ত স্বরদা নিষাদ নত্রগা গান্ধার স্বরদা ছক্কনি। অনুদাত্তবু ঋষভ

অমসু ধৈবততা সিজন্নগনি। মাসি ওন্নরবদি মিতৈরোনদি বেদগুম্না ভাংবদা অনেম অৱাংনা অর্থ হোংবনিনা ঈশৈদা বেদগী ৱাএন অসি কাইরবদি—অর্থ লাল্লি।

খূদমগী দমক হল্লিদা—"কৃষ্ণ চেল্লে চেল্লে" হাঙ্গৈহুনা ছকনৈ। মাসিদা 'চে' অসি অনুদাত্ত ওইরগা—গোপীসিংবু কিহুনা লাপ্না চেম্ভোকপনি, উদাত্ত ওইরগা—গোপী অমা ফাহুনা পুখিবনি। অহুনদি হুজিক্তি ছকপদা সপ্তস্বরদা 'চে' অসি করম্বা স্বরদা ছকপগে তাবিয়ু; শিক্ষাগী ৱাএন অসি মরেকনা চংই। মিতৈরোন হৈতবা বিদেশী ওষ্টাৎ অমনা মিতৈরোনগী ঈশৈ ছন্দ পাল্লবদি অর্থ থোক্লোই। মাসিদগী ঐখোইনা লাইনা খংলে,— মিতৈগা খাদোক্লবা য়াদবা মড়ী লৈ। মরমদি বেদগী অহানবা হৌফমদি মিতৈ লৈপাকনি, অসুম্না ব্যাস, বাল্মীকিনা হাঙ্গৈবা অসিদা চিংননবা মরম লৈতে।

——:(*):——

## GRAMMATICAL NOTE.

A comparative study of the ancient Manipuri Language and the Vedic language shows that there is much similarity between the two. Just as there are three different accents in the vowels of the Vedic Language namely—Udatta, Annudatta and Swarita, these are three similar accents in the Manipuri Language, In the Vedic Language the difference in accent means difference in meaning. The same is true in Manipuri too. For instance:

1. अताबा(ataba) मयेक्नाताबा (that which following necessarily) is UDATTA.
2. अताबा ,, नाकोंना ताबा (hearing) is ANUDATTA.
3. अताबा ,, लैपाक्ना ताबा (falling on the ground) is SWARITA.

The 'ता' in the different words given above are pronounced in different ways. In this connection Bhagavan Patanjali says: "आयामोदारुण्यमणुता खस्येत्युच्चैःकराणि शब्दस्य।"—the pronnuciation which requires raising of the body and straightened throat is high pronunciation or Udatta. "अन्ववसर्गो मार्दवमुरुता खस्येति नीचैःकराणि शब्दस्य।" The pronunciation which requires flatened throat and the body

at ease is called Anudatta. The accent which lies in between the two expresses is known as Swarita. Thus we find defferent accents of the same vowel leading to different meanings in the Vedic language. The is not vogue in the spoken language of the day. In Siamese there is some trace of this chararcteristic, while in Manipuri is much in vogue. Hence this explanatory note which may help better understanding of the Manipuri used in the explanation of the Vedas. In the Vedas there are sings for different accents. In respect of Manipuri used in the explanation of this Vedas we follow Mr. Pattigrew, and use in Udatta and dirgha in Anudatta.

The Vedic language is the most ancient of the languages known to man. Manipuri language has a close relation with the Vedic language. A study of the similarities that can be traced between Manipuri and Vedic language will help us understand the implications of the scriptures like the Ramayana and the Mahabbharata better. For instance the three words in the first mantram of the Rigveda अग्निम् ; ईळे and पुरोहितम् have great significance in respect of their kin ship with Manipuri. Equivalent of Agni is 'Mei' which is derived from the Sanskrit "Mantha" ईळे' is Manipuri in character,

ईळे — ईड धातु लट् आत्मनेपद उत्तमपुरुष एकवचनम् । For general usage it should stand as ईडे । "डकारस्य लकारो वह्वृचाध्येतृ संप्रदाय प्राप्तः ।" ईड means adoring or worshipping ईडात्पा। The Manipuri equivalant of पुरोहितम् is पुरित् । The king is usually addressed as पुरित्लाइ which means the embodiment of fire.

## VOWEL SIGNS.

In the Veda Mantras vowels are used with signs. The vowel without any sign will used as Udatta '—' signifies Anudatta while '।' singifies Swaritam. The same rules must apply in the case of Manipuri too.

For example 'लाकपा' (to come) 'लाकपा' (to snatch), 'लाकपा' ( to dye ).

## VOCAL MUSIC.

The tunes used in vocal music are differnt from the tunes

used in speaking. There are seven notes used in music namely; ष, ऋ, ग, म, प, ध, नि। While Udatta, Anudatta and Swarita are three notes used in speaking, Yajnabalka Siksha says:

"उच्चौ निषाद गंधारौ नीचा ऋषभ धैवतौ।
शेषास्तु स्वरिता ज्ञेया षड्‌ज मध्यम पंचमाः॥ १ ॥

Udatta swar corresponds to निषाद or गंधार। Anudatta corresponds to ऋषभ and धैवत while Swarita corresponds to षड्‌ज मध्यम or पंचम। This rule cannot be violated in Manipuri.

१ For instance in the Holi Kirton they sing—'कृष्ण चेङ्गे चेङ्गे"। Here 'चे' must be used in Anudatta to signify Krishna running away from the Gopis. If the same is used in Udatta it will mean Krishna running away with a Gopi. Manipuri songs cannot be tuned by an Ostad who is foreign to the Manipuri tongue.

From these various considerations it can be safely concluded that the Vedas and the Manipuris are iuseparably liked because the Vedas had their origin in Manipur. Vyas and Valmiki have spoken sufficiently in this behalf.

——:(०):——

# SPELLING IN THE MANIPURI LANGUAGE

## THE MEITEI LEIPAK

**The land which the Vedas call "Pratnoucas"; which Sayanacharya, the famous Vedic commentator calls "Prachina swarga"; which also lies just under the Tropic of Cancer according to the Rishis Valmiki and Krishna Deipayan Veda Vyas, in the Ramayana and Mahabharata, comprising the estern boundary of India, is called the Meitei Leipak, or Manipur.**

उत्तरेण परिक्रम्य जम्बुद्वीपं दिवाकरः ।
दृश्यो भवति भूयिष्ठं शिखरं तन्महोच्छ्रयम् ॥
अयं सुदर्शनद्वीपः पुरो यस्य प्रकाशते । (इत्येवं महाभारतेऽपि)

## THE MEITEIS

The Vedas its meaning :—We can understand from what the Rishis used—, that the Addivasies or originel inhabitants of this Manipur were called the Meiteis. This view is also supported by the Vedas and its commentaries, such as the Hindu epics of Ramayana and Mahabharata.

## THE MEITEI LANGUAGE

The language which the Meiteis used originally is called the Meitei language. According to the Shastras, it is a Sanskritic language— i. e. a vedic language.

रम्यं मणिपुरंनाम बभ्रुवाहनपालितम् ।
नराः सत्यव्रता यत्र नार्यश्चपतिसेवकाः ॥
वेदार्थशास्त्रनिपुणा भांति यत्र महाजनाः ।
चिन्तनं वासुदेवस्य नान्यां चिंतां प्रकुर्व्वते ॥
स्वप्नेपि नानृतं यत्र प्रवदन्ति जनाः क्वचित् ।
प्राकृतस्य जनस्यापि मुखाद्वाणी सुसंस्कृता ।
द्वितीयमिव वैकुण्ठं स्थापितं विष्णुना क्षितौ ॥

## HOW ANCIENT IS MANIPURI LITERATURE?

We can state clearly in this regard, that the Meiteis had started producing fine literary works in their own language

eight thousand years hence, a literature— the style of which is greater than that of any foreigner's. We can say this also, that even now the Meiteis have not stopped producing good literature. But due to the multilation of words in the language through time, the script also is being gradually mutilated. This weakness is purely universal. We are also following the same patterns of history. If we depart from this course, it would result in a great loss to Manipur of a great thing which she just cannot lose. Therefore if we want to write of the Manipuri literature of this new age we must not break with the present flow of this pattern.

## SPELLING IN THE MANIPURI LANGUAGE

Shall we have to write out this Meitei Script after taking pictures of this words as is done in Phonetics, in view with what the Vedanga Shastras, called Shiksha, say. Here, in the Manipuri language, as in the Vedas, three sound notes of "Udatta, Anudatta and Swarita" is prevalent, incapable of being expressed by spelling only ; but—shall we have to write out another "Souvar" for this ? The question of "Udatta, Anudatta and Swarita—is different."

## MY PRESENT WORKS

After collecting all the 'Shabdas' of Acient Manipuri literature and all the other words in use in this present literature, I am trying to find out another "Shabda Kosh"; but all those former collections were being burnt to ashes during the war. After a new effort in the post-war period, all the collections of these "Shabdas" of ancient Manipuri literature is completed,— I am only waiting to revise it ; but until and unless I am able to finish it, I will not be able to decide the true form of spelling in the Manipuri language.

——:(0):——